# থিরেন মৈরম লীবা



এন, ইবোচৌবা

মণিপুর স্টেট কলা একাডেমিগী মতেংনা ফোংজবা

# থিরেল মৈরম লীবা

পুথোকচবা :

শ্রীএন, ইবোচৌবা

হাওবম মরক, ইরোম লৈকাই

ইম্ফাল।

ফোংজবা
শ্রীএন, ইবোচৌবা
হাওবম মরক, ইরোম লৈকাই, ইম্ফাল।

অহানবা নম্বা
এপ্রিল, ১৯৮২
কোপী ১০০০

হক পুম্বা কন্নবা

মমল লুপা ১০'০০

নম্ফম :—
নোঙ্গারৈমা প্রিন্টিং বার্কস, হাওবম মরক, ইরোম লৈকাই।

খুদোল তমজবা

হৌজিক্কী নাহারোল
থোইদোক্লা রিসার্চরশিংগী
তনৌরবা খুবাংদা।

# য়াযাঙ য়াহৈ

শ্রীনামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ পণ্ডিত, লৈখিদ্রবা ৺দীনচন্দ্র সিংহ পণ্ডিতকী মচানি। ইবোচৌবা সিংহ পারোল পুরেল য়েংলবদি পণ্ডিতকী ইমুংতা ওইদুনা লৈরকপা ইমুংদগী হৌরকই। শ্রীসিংহগী ইমুংগী হেরিডিটি কাম্বরা য়াদবনা হৌখিবা চহিদস্ত অহল লম্মনগী খুত্থুং ইন্দুনা "থিরেল লায়াং" কৌবা পুয়া অমত্তু পুথোকপত্রে। লৈবাক্কা থঙ বিত্রে। কন্দকস্ত "থিরেল মৈরম লীব" কৌবা লাইরিক মচা অনি পুন্ন পুথোকপিরে। লাইবিক অসি পাবদা খঙঙমদ্রবা য়াথল কয়া লমজিংবা লাইরিক্ক চায়না লৌজনিংই। য়াফমদি নোংমাইজিং চৌংদোন্দা নো পোক পান্থোইবীগা অনি কামিন্নখিবগী য়ারোল শেংনা য়াওবি। লায়নল নুবাং লংমাইবা অমস্তুং পুরৈরোম্বা কনানো খঙবদা য়াম্ন মতে ওইগনি খল্লি। অসিগুম্বা মমল লৈরবা অংগ লম্মনগী পূক্কৈনগী শক্তোক্কুনা মজাতিগী সাহিত্যগী সেব অমদি নোংনা মিসাচ তৌজনিংবশিংগী মতেং ওইনবা তুংদস্ত পুথোককখিগনি আশা তৌরি। শ্রীসিংহ অহল লম্মনগী খুভম ফ সমু সাহিত্য সেবী ওইসনু হায়বা য়াফম থমজরি।

পাউজেল্লুমাবা শ্রীনাহেন্দা সিংহ বি, এম

রিটায়ার্ড এস, ডি, ও

তাং ২০।৩৮২ ইং, প্রেসিডেন্ট, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ।

# ৱারোল থরা

"থিরেল মৈরম লীবা" মতৈ পুয়াশিংগী মরক্তা থোইদোক্লা মমিং লৈবা অরিবা লাইরিক অমনি হায়বসি খাইনা থওনরি। অসিগুম্বা থিরেল মৈরম লীবা কৌবা পুয়া অসি ইবুধৌ হাক-তকতগী হৌনা মথল অনী থোক্লা থাম্বরম্মী। মথল অনিমক লৈবাক মাওদা পুথোক্না নৈনবিনবা মাংদা থমজরি। অমনা লৈশেম নোংশম্বা, শাগৈ শলাই মিংথোন্নরকপা, লৈরোন ৭ নোং-লোন ৭ শেম্লকপগী ৱাফম্মা মাওদা থারগা করম্মা লৈশেম নোং শেম্লকপগে হায়বত্রু তাকই। থোইদোক্লা মীথাম মাওদা থমজ-নিংলিবা অমনা লাইরিক মচা অসিদ 'মতৈ লৈবাক্কী মীরোল-শিংগী ৱারম মথং মথং থিগ লকপদ ফর্স্ট বি, সি, (অহানবা খৃষ্টনা পোকিত্রিঙগী মমাঙগী) অহানবা চৈকোক্তা কনা কনা লৈবাক অসিদা লৈরম্বগে হায়বগী ৱারেল থিরকপদা লাইরিক অসিগা করী য়াম্না লৈনৈ হায়নিংই। মরম অদুনা নৌনা রিসার্চ তৌনরক্লিবশিংগী মফমদা থরদং মতৈ ওইগদ্রা থজবদগী লাইরিক অনিমক অসি পায়খৎচকই। অতোপ্পা লাইরিক থিরেল মৈরম লীবা অমদনা মীওইবগী মপোক অসিবু করম্না কনানা কনাদা শিন্নবা ওইরবগেনো হায়বা অসি তাকপগা লোয়ননা ৱাহৈগী হৌরকফম কয়া তাকই। লোয়ননা তাইবং মীগী হকচাংগা তাই-বং পানবা অসিগা চাংদম্নহনা উৎপত্তি মওং নিঙখনা পল্লি। কাইথৈল, ওকসং অমসুং লাংসং করম্না থোনখিবনো শেংনা তাকই।

অসিগুম্বা মখল মান্নবা লাইরিক মমি:দি মান্নজবা অসি উবদা ইপা ইপুশিংগী জ্ঞানগী ক্ষেত্রদি অম্বকী মতিক পাক চাউত্রে খঙ্গরুই মরম অত্তুনা অহল লম্মনশিংগী জ্ঞান্দি মহাসাগরনি। করিম্ব খঙ-ত্রবা ঐহাক্কী থৌনা করিম্ব লৈজদে ইপা ইপুশিংগী খুভম অত্বু ত্বাজনিংবনা অঙাংনা মৈ পায়বা কিদবগুম পায়জরুবতনি অরাল অছুই কয়া য়াওরমগনি। পুম্নমক অত্তু ইপা ইপুশিংগী মরাল নত্তে অপংবা ঐগী অশোনবনি। অসিগুম্বা লাইরিক মচা অসি ফোংনবা হোৎনবদা শেলগী অর্বাবা লৈবত্তু মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী কর্ত্তৃপক্ষশিং অমদি মরুওইনা সেক্রেটরীগী অচৌবা থৌজাল অমনা পাঙথোকপা ওমজখিবনি। অসিদা নত্তনা নোঙ্গারৈমা প্রেস হাওবম মরক ইরোম লৈকাইগী মেনেজর অমসুং ৱার্করশিংগী অচৌবা মতেং ফ জখি। লোয়ননা ইয়াম্বা শরুবা শ্রীও, ভোগেশ্বর সিংহগী মতেংস্থ য়াম্না ফংজখি। পুম্নমক অসিগী লম্মন পুন্সিদা তোনশিঙ্গখি—শিংঙমত্রবা লম্মন্নি লৌজরি।

এন, ইবোচৌবা

# খিরেল থেম্ লাবা

[1]হয়ি [2]হয়া হ। [3]যিফম। [4]কোনফম। [5]হুমলেন। [6]হামলেন [7]শয়রোল। নোংলোন। চী লোন। তমলোন। তাইপং-পান-পাকী মবুংঙো তিনলপ লাকপ লৈবা খৈপিকপু চঙখোনবা শঙবু থ্রুমনা ইজরক্কে॥

[8]মৈত লৈপাক অসিগী লানলি। [8]অয়াং, [9]অসক্। [10]পাহায়। থোঁদা অসি খংপক থোয়ব্রবগী মরমবু হায়কে। তাইবংপানপা অসিবু করিম্বুং লৈতরিঙ তাইবং পানবা মপু লাই অথোইবা অহুনা তিন লাই থবায় পানলিবা অচৎ-অরেপ্পা [11]খৈপিকতো মহাক তাসিনহুনা মতুম অমতগী ওইহুনা লৈরবদা মমিং খিরেল কৌরে। মচু অঙৌবনে, অসুম চহী কুমসিং য়ামনা হৌখিরবদা তাইপংপানবগী মপু লাইগী লাই সিদবনা মতৌ নোংদম ওন্নবদা মতুমগী মসক ওননা [12]অসিবা। কোনচিন [13]তুংথাকপা। অত্যামগী খোঙুগী সানখিরে। মতুম অঙৌববু হান্না কাযখিব খোঙসানখিবা অহুদ লাই নামুংবা অঙৌবা অহাগ [14]লাইরেম্মা নামুংবী অঙাংবী অহাগা খক লাউবা পোকখাইখিবা খোঙ্জেল অহুদগী পোকথাম্মখিহুনা নোংলোন তরেং লৈখারোন তরেং অসিদা [51]পাকনলে।

১। হয়ি=তেংবানবগী মপু (মপা) ওইবা, ২। তেংবানবনু পোক-পিনবী হয়া, ৩। হসিগী লৈফম, ৪। ঈশিংগী তুংফম, ৫। অফবা অশেংবা নুংশিং, ৬। শংদনা ফত্তবা হুংশিং, ৭। লৈবাক মথোল, ৮। ঈনাং থোনি, ৯। তেংথা লৈশক, ১০। ইপা ইপুগী য়াইহ পোনফম ১১। মশাগী হকচাং, ১২। সনামহি, ১৩। পাখঙবা, ১৪। লৈবাক লেমা, ১৫। চত্তুনা শা ফুনা লৈবে।

অকোনবগী নিঙনরিবা থিরেল মহাক য়াউনা পেং লাউবা খোঙ্গেন্দা পোকখিবদগী খোঙসানখিবা অদুনা লয়নিংথৌ ওইদুনা পাকন মন্নরে। অদুম তৌরবগা ঈসিং তনলেন অমম্বা মসক ওইনা লাক্ল অমম্বা অদুগী মুংকাংগী মসককুম তরংচৌং কৌবা অদুগী মথক্তা [1]অত্যা সিদবনা মসক অনি ওইদুনা লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইব কৌনা লংখৎলকলে লংমাইবা মহাক্তি পান্থোইবীগা, নোংপোক্তা অনিমনা লাই অনিমাবু ওইনা তরংচৌ অদুগী মথক্তা তোংদুনা অমম্বদা লৈপাক সেমগে হায়দুনা ফাওরক্রে। অদুগীদমক বাগী মরিবু হৌথোক্লে হায়বগী লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবা কৌএ।

লয়হৌ মাইবীগা লয়হৌ মাইবগা 'অমত্তা' ওইনা তিনসিনলে হায়বগীদমক হিচিনথৌ হিয়াখৌ কৌএ। অম ওইনা তিনসিন লদুনা অত্যা সিদবা মসক ওইনা অসিবা লাইদা লাইসোন তাকপিদুনা লৈপাক সেমও তাকপিরে। অদুগা অসিগী মমিং অনিমনা মুমিং থা ওইরে। মহাক্তগী থ ইখিবা অদুনা মৈ, ঈশিং নোংসিৎ, লৈপাক নোংথৌ অসি খৈবিক ওইরে।

[2]লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবনা সানমরক তাকমরক্তা থরায়

---

১। অত্যা সিদবদি তাংনং পানবগী মপু শদ্রাংগী অথোং । হংবা লাংগী মচা ওইবা মবম্বা মহাকমু মু॥ নিপা অনিনা পূন্না নৈবগী শক্তি নৈ। মদু অদুনা মহাকপু অনী থোক্তা থাংদোন্নগা অনা পান্থোইবী অমনা নোংপোক ওইরে। অমবা । অমুক লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবনা হায়নম্ব থন্তনরে। ২। মালেম নৈবাক নৈমগা অতিয়াগা (পান্থোইবীগা নোংপোক্তা) অনিনা নৈনবদা মঙ্গং অপা থোরকপদগী থরাই পানবগিং উরা নাপী শিংসী অচৎপা তুরা নৈবা পূম্নমক (শেমবিবে) পোকপিবে।

লেপ্পা উ, ৱা, নাপী, সি বী, অচৎপ। লৈবা থৈবিক অসি লৈরে। অদুগা অত্যা সিদবা অদুনা নোংবু কনানা তাদুনা লয়পাক সেম্বনো হায়য়ে। ইপাম্বুড লৈতে, ঐগী পাংকননে হায়বগীদমক নোংসিংকা, নো'লৈগা হুমগৎখিদুনা লৈপাক সেম্বা লাই মচু অঙোবা অদুবু থাগী মচিদা চাক চাদনা লৈএ। অদুগী মতুংদা কোনচিন তুংথোকপগী মতৌ লোননা লুকনা পুকম্বা অদু উরদুনা লাই নোংদম্বা অত্যাগী মসক ওইবা অদুনা [1]অপানবা নং [2]লৈপাক সেমও হায়দুনা পিরে। ৱরাওনা মাজরদুনা পুকনিংবু সনথোক্লা থোরাংলংদা লয়হৌ মায়বী লয়হৌ মাইবনা অপানবগী পুক্লুং ইন্না থোবী লয়ফনবী কৌরদুনা নোংপোক পাংনা লয়ফনলে। ভাংভোই লৈরাম্বী কৌনা নোংচুপ পাংনা লৈরমএ।

[3]কা-লৌরেন লৌথিবনা পুন্নুং হৱাই থানা মরা ৱাইদুনা মরি চৎলবদা। থাদা লৈবা লৈপাক সেম্বা লাই, চাক চাদবা অদুনা উরদুনা কনজাওরে। লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবম্বুং ঐগী লমলোইনে, লৈপাকম্বুং ঐনা হাললা সেমএ। এবু য়াওদনা থৌ তৌগদবা ওইদে, অম্বুম হায়না মহাক মুরা পুথোক্লুনা হুনজিনখিরদুনা, তাইবঙ পানববু ইনথায়বা ঙমগদবা অচাউ ইমিংকী মসক ওইনা [4]সামদোন অয়াংবা কৌদুনা, কোংলৌরেন লৌথিবনা থাবা মিতম য়ারবকোন মুডথংলি অদুবু

১। পাখংবা, ২। লৈবাক ভাকও (নিংথৌ ওইয়ু), ৩। পাখংবগী অতোম্বা শাইপুন ৪। সনাহিনা শাইওন তৌবা মশা অনি পানবা শগোল।

ইনথায়গে হায়দুনা তমথরকএ। [৫] মবাম্নং, মরিম্নং, নেৎথংলদুনা খোঙ্গেন অঙকপগা, নোংসিংকা, নো লৈগ হুমথোকখিদুনা খানা পাংবরম লৈচিনগী মসক ওইখিএ।

[১]অচুগী মতু দা কোংলৌরেন পৌথিবনা চিথেক মরিংদা, মাইকৈ নিপানমদা ভাকুনা অমরক হন্না থাবনু পাঙ্গন চাউবা নুমিৎকী মসক ওইবা অদুনা সাফু কন্না ইনথরকুনা অসায়গী পান্দমগুমনা অমরক নেৎথংলদুনা খোঙ্গেন অঙকপগা লেংমননা নোংশিংকা, নোংলৈগা হুমদোকখিদুনা অবাং লমদা উন ওইখিয়ে।

অমুম ভমদরবদা লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবনা হায়য়ে। তাইবংপানবগী ফম্বী ওইনবা মংভৌ মুংকংগী মসক ওইদুনা লৈখা অমম্বদগী লংথৎলকপা য়াউব কোনথা বু ফম্বী ওইনবা [2]আং মবুংভো লাইপোক অশানবা তিন, লাই, থবাই অচৎ, অরেপ্পা পুম্নমাবু [3]মহাক্কা থেংনা লৈবা মাবু য়াওদনদি তাইবংপানবা মসুং ওইবা ভমলরোইএ।

অম্মুম হায়রবদা [৫]লাইনিংথৌ অপানবনা [৬]তিনলিরেন সিদ-

---

৫। অহানবা শেম্বা লৈদি নোংলি মহয় মবোং অচৎ-চত্র ওইনবা শেম্বা পুম্নমক সনামহিনা শাউদুনা নোংলৈ মুংশিং ওইনা অকনবা শাকু ওইদুনা হুমদোরবদা শেম্বা পুম্নমক লৈচিন ওংখন।
২। মতুংদা অমুক শেম্নবদা হান্নী মতৌ গুম্না অচাপা অকনবা থোঙ্গনগা লোয়ননা থুগায়ববদা অশেম্বশিং অদু উন ওইখি ৩। থবাংগী মকোক ওইবা লাই, ৪। শেম্বী-শাবিবগী শক্তি পুম্নমক লৈববা (সনামহি) ৫। লাইনিংথৌ ওইববা পাখংবনা, ৬। শাং পুম্নমকী মকোক ওই। তাইব পানবগী মপু (মাবুং)।

পাম্থোইবীনা, ইপানা কুবিরে হায়খ কুবিরমও কৌএ। ইপু বানা ওইনগনে হায়বগী দমক কাবিরম কৌএ।

লাই খৈবিকসুং হরাউএ পাখংবা পুরেরোম্বা অনিমগী পুক্লিংসুং অমহা ওইরে। অসুম তৌনা যুত্তাউরাই পুরেরোম্বনা মহাক্কী মকোনগুম্না ফৈ কোনবগুম চৗং অহৎদগী [1]খাইবুং থাইবুং কিংথিবনা মৈতৈ লৈপাক্ক অসিবু কোয়না কোনখিরে। অহৎ দমক তুবী কোন্দম্বা লাইরেন ফৈদম্বা হায়না পুরেরোম্বা কৌএ।

লৈপাক কোয়রক্লবা মতুংদা তরংচৗং কৌবা অসিবু পুরেরোম্বনা পোংথারত্তুনা ফমলে। লুরাং লংমাইবনা লাইমিং সোম্দবা খোই-মুগী খোঞ্জেলগুম্বা অতবু মরিক্তুগা সোম্দুনা অনিমা [2]লৈপাক সেম-লকপগী মতিকপু তৌথা ওইদুনা পুক্লিং হরাউহনলে। অসুম লৈরত্তুনা পাম্থোইবী নামু নী য়াউনা লৈরে। লাই খৈবিক্কা লোয়ন-ননা মুমিং খুলিং হনাউনা সান্নদুনা লৈপাক ভাক্কবগী থৌবু তৌএ।

কংলৈদসুং পাফন নমুংবগা লাইরেম্মা নামুংবীগা, লাই অপানবসুং স্নংমা যুংমা রা বা কৌএ। [3]লুরাং লমাইবনা য়িমাং কাদা, লংবা অপানবনা লপযান কাদা, পুরেরোম্বনা যিমিং কাদা

১। শলাইশিংগী থাবা, ভানবা চেংলৈ, শংভাম লশানচিংবা মহৈ মহৈ পুকচেল ভিন্নরুদবা পুনমবা ওত্তুনা অমত্তা ওইনা শিন্নবগা মৈতৈ লৈবাক অসিবু ভাংশিন খোমজিল্ল. ২। থায়না ` া টৈ ন া গী মংমদা কবমনা মালেম অসিবু পেমখিবগ হায়বগী মওং মতৌ অদু শৈথাবত্তুনা পুননমকপু হবাম তথা ঃনহবে ৩। লৈচাক শত্ত ওইবগী বাপন ৩ দা লুরা লংমাই-বনা যমাংগী কাদা, লংবা অপানবা পাখংবনা মবাযগী কাদা, অত্তুগা মনিঙ্গী কাদনা পুরেবোম্বনা হমত্তুনা লৈচাক নৈকনগী বায়েন থৌদাবে।

অসুম লৈতনা লৈপাক ভাকএ। তরুচৌং সিদবা অতুগী মতোম্দা লাই অহুম্মানা লৈতনা লৈথ নোংথা থৌ অহুম্মাগী অফবা ওইনবা মরম থৈবিক সেমলে। চহি কুমসি' য়াম্না অসুম সান্নহনা হৌখিরবগী তুংদা সয়ারেন পুরৈরোম্বগী সালওন্না চকপা অয়াম্বা পোকএ।

থাবনা লংমাই চৌংদা কারকুনা লাকএ হায়রবগীদমক থাবা থাংহনচাম্বা নোংপোক মহৌ লৈরাই পাংকা নিংথৌ কৌএ। মানা লংমাই চৌংদা লৈবা লিকতোক, কৌরাং, সাকোক তাংখুন, হাউ অয়াম্বা পোকএ। অসুম তৌরবগা লাই অহুম্মানা থানা পাংবা রমদা, মহৌগী লাইচৌংদা হৌখিহনা লুরাং লংমাইবা লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবনা পাম্থোইবীগী মসক ওইহনা পাকন সিদবা তাউরোইনাইবু [1]য়ুকৌএ।

হনবা হনন্নুমাবু [2]লুকথুংদবগীদমক নহান্নুবী মুংদো লিনকাম লাইগী মসক্কুম্না মাঙলে।

অমরক হন্না পাম্থোইবীনা অতিংঙাদা হৌরকপগী মরি থিনা লৈপাক নোংথোগী মরিস্নুনা লাইসিং বাংহন্দনা পোৎসিং থৈবিক সানা, মপা লাইরেন লাইবু অমরক [3]য়ুকৌএ। হনবা হন্নুমা নাচিংনা লাইসিং পুন্নমাবু লুকথুংলবদা [4]খিকমরক্লা খিকপবু হনবা হন্নুনা মহৌ মহৌ পোক্লবদা মী অয়াম্বা ওইনা পোক্লকএ।

---

১। পিজ-পিথক তৌএ. ২। লাই মকোক ওইবদা হান্না কংখিবদগী লাইনা লাইগী মতিকপু থডহনগে হায়নগীদমক, ৩। পিজ-পিথক তৌরে। ৪। অমুক্তং খোঙ্গানবিদা.

আস মতুংদা লোয়রেন খুনবিয়োক্তা কুকি লাইকিমনা চাথিংঙানা মথিং লাইরেনবাবু য়ুকোবদা মথিং লাইরেনবগী লন-কুদি মাংসোক লাই থংব, ফমলেন থা থংবদ, সনা, লুপা, সেরি, সেঙ্গাও, সনা, নাই মসিং সুনা পুথিরমএ। কুবিবগীমা চিঙ, লাইরেনবা মরনকুদি [1]তুবী নউন ছ লাইরেন নতাং সিংলমও হায়রবা, ঐদি লিন নত্তে, হউন হুক্রাই হায়না কংলৈ নম্নমা দা ফকলোং চায়াই থাউও হায়রবগা। মরোই মতাংদৈ তাংঙ অয়াংবনা লাইজ ইরোনথু-দগী ফকলোং চারাই চেনলূইএ মুক-নাইবনা হায়ুক তোংমা চেনলুইয়ে। তোং নাইমনা নুঙঙৌ তোংইন চেনলুইয়ে। খোনাইবমা লৈচেং তোংমা চেনলুইয়ে। মরোই কোন্দে খুংচুমমাই সিনাই মাইকা সকপনা চীংঙবা লাইরেনবগী অঙৌ নারিন সোন অঙাং কোইজা য়েক. অমু মরেক থোক ইরোএ। [2]খুনবী নোংলৈসংসু থঙা ইমলাই থিংনরোও অন্নম হায়না লনকুরমএ।

[3]লাই অহুমমগী সাননবা মতৌদি অয়াম্বা য়িমগী নিংথিনবা পোৎলোই অসি থৈবিকপু নোংদমলকএ। মোইরাংদা লৈবদা থাবী লংবগী পাউসা অয়াম্বা, [4]লংবা য়াথংলোইগী সননবা থৈবিক তৌরমলহুনা ক লৈদা অমরক হনথংলকএ।

---

১। য়েক শলাই থায়রমও, ২। শলাই পুকোক ওইদুনা লম-লমগী নিংথৌ ওইবশিংনা মাগী মাগী মবমদপু নিঙথি না ঙাক শেন্নৌও হায়না পাউতাকপিরমএ। ৩। লুরাং, অঙোম অমসুং নিংথৌজাগী মকোক ওইবা মথোয়না হাংবা ওাকপা তিনশোল লাইশোল লৈতাক থৌরম পুন্নমকপু। ৪। পাথংবগী লোমনবা থৌবুনশিং।

ভাউরোইনাইগা লাইরেম্মা নামুংবীগনা পাম্মোইবীবু পোক্লে।

লাই সিদবা অতংঙাগী সানলোনবা ত উরোইনাইনা তাইবংপানবদা অকবা ওইনবা হৌখোক্লে হায়বনি, থাংম্নু নহানা চৈ থারহনা ভাউরোইনাইনা [1]সিদম নাদমলে। অম্মা সাম্নবা মতমদা পাম্মোইবীবু থাবদা লুহোংএ। নোংপোক্লা লংমাই চীংদা লৈহনা ওম্মোকপা মুন অতিংঙাগী সানওনবা [2]সন অঙৌবা অহুবু লুরাং পুনসিবগী মচা মুংথোংঙাই, লুবাং লংমাইবনা সন অহুবু সেল্লে। সন মহাক্তি সনকু মপৈদি তাইবংপানবা আসবু থল্লে। লুবাং লংমাইবনা সেনবদা হৈরাউ চীং হৈক্রু মপাল অমগী হৈ হেক্লুনা সনসিঙ থীববু সননা হেল্লে, হৈনা বাংলে। কোরৌ নোংমদি সিঙনাংথৈবিকী মপাল য়ান্দুনা সনগা থীববু সননা হেল্লে সিঙনাংনা বাংলে।

সন মহাক্তি অঙৌবনে, [3]পাঙ্গনবা লৈবা থৈবিকপু মানা ঙম-জ্রেএ। [4]লুবাং লংমাইবনা সেল্লে হায়বগীদমক তোংতরেংবম কাউ কৌএ।

লৈপাক নোংথৌ মরোন অহুম্মব, পুবা ঙম্বা সননে অহুগুম্বা সনব, [5]অঙৌবা কোরৌ খোংজোম্বনা তোংএ। নোংসিংপু ফম্বী ওইনবা [6]মসম সমলাং তারৈনবা লাইনা খুনেংছুব, তোংমা

১। অপোক-অশি, অশি-অনা, অবা-অনং থঙলমদবা মীওইববু থঙহন্নবা তৌরক্লে, ২। অঙোম শগাহগী মীশিংনা য়াল্লকপা অহুবু, ৩। মতিক মথৌনা লৈরে হায়বা পুম্নমকপু মহাক্তা নমথবা ঙম্নকথিএ।
৪। লুবাংনা অঙোমবু ডাক-শেল্লবদা
৫। লংমাই কায়নৌ চীংশোম্বা, ৬। মশম কোকথক্তা পুদুনা (জটা পুদুনা)

মখোংনা লাক্কুনা লাংমৈ পুংদা পান্থোইবীনা ইরুরিবৈগদা উরগনা [1]চিনদিম্নরসে হায়হ্না খেম্বব্ পান্থোইবীনা খুমএ। ইমা ইপা লাই অথোইবগী ম্নাথংস্থ থাবনা চান্না চিন্ননা লৈরিএ। ঐখুং নংব্ নিংনা লৈএ, নংগীনে মরাক্কদনে। অখুম্না হায়রবদা নোং-পোক্লা পান্থোইবীগী পুক্লিং অথুপ্পা মহাকপু পুখিরে।

[2]তকসোন পুঙদা হোংনেমস্থম পোকএ। অস্থম তৌনা পান্থোইবীব্, নোংচুপ লমদগী নোংপোক্লা পুরকপদা লুবাং পুনসিবগী সোয়, লাগী লাথুপ্তা পান্থোইবীনা লোংলমএ। অতুগা নাকাদা নোংপোক্লা উনহনা লংমায় চীংদা কামন্নখিরে।

পান্থোইবীনা থুপলম্বা লাথুপ অতুদগী মঙান চাউবা মসক ওন্থোকপা ওইহনা লৈরে। লুবাং পুনসিবগী থৌজাল অনোনবনা লৈমা নিঙথিবীব্ ওইরক্লে। [3]লাইরৈমা অহব্ লুবাং লংমাইবনা য়োক্লহনা থংহন উহন্দনা লৈরবদা সরারেন্না লাকতুনা মগা নিপা অনি পোক্লে। মপা লৈতবগীদমক পুরৈরোম্বব্ তান্নরকপদা সংঙাই কোয়মযু গী মসক ওইনা ’চল্লহনা, খোইদোম, মান্দোম অনিমনা লী, তেন য়াউনা তাল্লে।

পুরৈরোম্বনা লয়য়োন পাংতা ওনলে। লুবাং লংমাইবনা

১। লৈমিন্নরসি ( পানমিন্নরসি ) হায়বহ্না, ২। পাথংবনা পানবা মতমদা কংলৈদা লায়াং ৪ থোক্লম্মী। লায়াং অমগী মহুংদা লৈবা লৈকাই অমগী মমিংনি তকশোনপুং। ৩। পান্থোইবীনা শাইওন তৌদ্রনা লিক্লা-পিচা নোংজংঙ্থ কৌনা লৈরবু লুবাং লংমাইবনা য়োক্লনা লৈরিবৈগদা পুরৈ-রোম্বা লাক্কুনা লৈমা নিঙথিবী অমিব্ পোখি। মহাক্না মচানিপা অনি পোকখি। মখিংদি ১ না খোইদোম কৌই। ১ না মান্দোম কৌই।

থোইদোম, মান্দোম্বু থামলমএ। সা, নংতে লাইনে হায়রবদা। পুরৈরোম্বনা অঙাং অপিগী মসক ওন্নে। লুবাং লংমাইবনা ফৈরা তান্দা থোংনা তাইরেন লোম পোনা লাইঙ্গ খিকফেন্না মকোক্তা ঈশিং খিক্লবদা পুরৈরোম্বনা অঙকপা, অঙাউবা হৌরম্বা অহুবু মরোন মখি থোক্লহনা [1]নোংথৌ লৈপাক্কী সরাংরেনগী ফম্বান তোংপে। অমম তোংনা নোংথৌ লৈপাক্কী কনাগুম্বনা তাই-বংপানবদা অক্কবা ওইনবা সেমএ।

অমম্না পুরৈরোম্বগা লুবাং লংমাইবগা নোংপোক লম হোৎখিহনা সেনলোইদা ম্না পোকএ, লাইচৌ থৈপিক সেমললমএ। [2]নোংথৌগী লম্বীরম ইনথংখিহনা পুরৈরোম্বনা সেকপিন অঙৌবা থান্দুনা তাংখুন হাও অম্বাম্বা থৈবিক সেমললমএ। অসিগী মতুংদা পুরৈরোম্বনা সগোন তুথাম্বা তোংনা লোইজিং লানখিহনা পাঙন তম্পাক পুমনমা সেমএ।

সেকপিন অঙৌবা থালনা অমরক হল্লকপদা সগোন তুথাইব অহুবু ওক ওইখিরে। অহুবু তান্দুনা ফারগা সগোন ওল্লকএ। অহুগীদমক ওকতান কৌএ। [3]পুরৈরোম্বদুং লোইম্নারাকপা থোঙ-ফেনথৌবা লাঙ্গোই সগোন তুথাইবা তোংবা কৌএ। অমম তোংনা তাইবংপানবা সেম্বা লোইরবদা পুরৈরোম্বনা লম্বনিঙ নোংনিংথৌনা থক. খা য়োকে হায়না নিঙসক্রবদা লুবাং লংমাই-

১। কংলৈ লমদা অঙোম শলাইগী ফম্বান তোংলে, ২। শেকপিন অঙৌবা থদুনা অরাংবা চীংলোমদা কাখবগা, ৩। পুরৈরোম্বদুম্ লোই-মারাকপা থোংফেন থৌবা লাঙ্গোই শগোল তুথাইবা তোংবা কৌবসি খাংজিংবুস্থ থোনবা মিংথোনগা মান্নে।

বগা তন্নং চৌংগী থূকম অত্তব ঐ ইরাংকে মুত্নরে। অতুগী দাক লুবাং লংমাইবগী মপুক্তো ন্নুংঙাইদরে, লোৎনা লনা লৈরে।

পুরেং হুমানবনা চকপা খো খোঙ কান্নান তাথু বানিহনা [2]লিসা তেনসারে, [3]সন্দংচাক্লা তেনজৈ ওই। চৌংবা থিনা তেন্না চম্লে, যাইথু পান্দা থোং খোইনিংমানবীনা হুগা তৈনা, কালেনগী হুমিৎ য়ুংবা নোংসাদা হুং মহাক্তসুং খোইনিং মানবী তৈত্থনা হুং অত্তবু তেলনা কাপলে। তেল হাক্লা য়াম্না কুন্তনা কাপলংদা হুন্তনা লেঙবিদরবগিনা পুরেংহুমানবসুং খোঙ্গেন অয়াকপা থোক্লে। [4]পুরৈরোম্বসুং পুক্লিং অমেন্তবা কঞ্জাউবা হৌনা তাইবং-পানবা সেমজৈগী ইনথায়বা খোঙ্গেন অত্তবু ভংলহনা অঙক অঙাউ হৌ, [5]সিক্লুপ সিকায় হৌনা লাইগী [6]মরি থি, খোঙ্গেন থৈবিকপু কোংঙলবদা [7]লৈপাক নো থৌ মরোন অহুম্বা নিক্লা, ত্রিন, লাই থৈবিক ঙক্লে। অত্তুম তৌরবগা লংমাইবা পুরেং হুমানবনা তেল থাববু কুন্তনা থাত্নানা হুংখোং হুংলাউবী অত্তবু তেলনা হাংদনা কুন্তনা পাল্লবদা হুংখোং হুংলাউবী মহাকপু খাংবা ঙমদরবগিনা চৌং মহাক য়াওনা নিকমল্লরে।

হুংখোং হুংলাউবী মহাকসুং খোঙ্গেন অডকপা অথুঙ্গবগী খোঙ্গেন অত্তবু ল্যাটরত্থনা লৈম, ঈসিংবু লোয়ননা অঙান, অসাবু

১। কক্লা লুনশিবগী শূবোল ৭ ঙবগী মীগী মমিংনি, ২। মরী পানবা পানবা লীক্লংলন শাবে, ৩। অশিকপা ব্রা মণা (তেনগা).
৪। পুরৈরোম্বা হায়না পল্লবসু অতোপ্পা অত্তোম শলাইগী নিংথৌ ওইবা অমবু ওইগনি, ৫। লৈবাক মাঙ্গবা কাংগবা হোবান পুম্নমক অত্তবু
৬। যাম্না ক্লুপ্পা থি তুনা পল্লত্থনা, ৭। শা গ শলাই ৩ মক্ল ৭ৎন-চৈনা শাকান থোক্ল না লৈবাক নায়বসু।

খোক্লা চীং অহুদগী মফম লেপ্তুন। [১]অর্তংভাদ লংহুনা লৈরে। পূরৈরোম্বনী পুক্লিং মতুং ইন্না হুংথেং হুংলাউরী অহুনা চীং মহাক কোয়না [illegible] চী অহুদা লেবা সেনবা খাইদ [illegible] অহবু হুংনা মুৎনা তকথংলকনা হাংলে। [2]কোক্লাই চায়থোকখিবা অহুনা নোংপোক লমদা খুন্ন ওইনা হৌখিএ। [3]মুংক ৎ সিফাংতবা কোংগাইনা মফম অহুদা লৈরোবা য়াওএ। অহুগীদমক লংমাইথেং কৌববু, লংমাইথেম্ন কৌহুনা চীংদা লৈরে। হুংথোং হুংলাউবী মহাক্কি শংজিরম ময়ায় [4]মিংলম পাংনা লৈরে।

অম্নম তোবগা পূরৈরোম্বগী অঙক, অকাউ, সিকুপ সিকায় অহবু [৫]তংাম্বরম্বনো হায়বগীদমক লয়হৌ মাইবী, লয়হৌ মাইবনা তাইরেন লোংমা লৌহুনা পূরৈরোম্বগী মকোক মথক্তা সাতোন অমা হাপলহুনা ঈসিংগা লোইনহুনা চাইরগা, পূরৈরোম্বা মহাক্না [৬]তাইবংপানবা সেমাঙ্গা খেইমুগী খোঞ্জেনগা লোয়নবা লাইমিং অহবু য়থাই থিনখাইরে।

অয়োক, অরোয়, নোংসাং পুনসি নিঙলক্লহুনা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাকপু কোক্তা থোংনা পুহুনা [৭]তোননিংথৌ অপানবগা মাইয়োক্লনা মিংয়েং সেনবু ওইহুনা লাইগী নিংথৌ [৮]অপানবা কৌনা মিংহুনখিবদগী থৌ অযাম্বব, তৌহনবদগী লৈপাক ময়া চেং

১। চীংদা কাহুনা নৈকরে, ২। শা-লান্দা লৈবাকে কায়হুনা চাইথোকখরশিং, ৩। শা-লান্দা শিহৌক্লবশিং অপ্পানা, ৪। চীংথৈ পাংবা মাইকদা, ৫। লোয়দনা তৌবহনো, ৬। কায়খিবা লৈবাকপু অমুক হন্দিয়বা হোৎনড়ে, ৭। পাখংবগী অতোপ্পা মিংথৈ।
৮। পাখংববু অপানবা হায়বা মিংথোল অমি পীরহুনা।

নোংথৌ মপুক তপ, অনিমাগী মপুক মহুংদা লৈমা নিংথৌ অনিমনা চিংহুনা। থবায় পানবা খৈবিক কুইন। শাংনা পালে, [১]অ.হাঙ অচাউ, [২]থাক্লা সাথোং লানথোং থিংলে। নিংথি মুংঙাই, অরাং অঙম, ইরাং লাইসোন, [২]পাহায় থৌদা, খোনঙন খাইঙন, অঙাং অসা, অকুয়রি লাই রি, তিনমিঙ লাইমিঙ অসি খৈবিকপু পুরৈরোম্বগী মচিন্দা সোনথোক্লে।

লুবাং লংমাইবমুং তম্না সোনথোক্লহুনা থোক্লেন নিঙথিবা লায়মিঙ অরুবা অহুনা নোংপোক, নোংচুপ, থা, য়াং, মিংলম, [৩]লাইচি, [৪]নোংসিং মৈরম, অসি খৈবিক্তা মীনচিংনা থবায় পানব খৈবীক থবায় অরেপ্পা অয়াম্বমুং মহাক মহাক ঙাক্লবা মসিদো থংজরহুনা পুরৈরোম্বগী য়াথংনা [৫]থুনথন লানথম্লরে। অমুম তৌরবগা পুরৈরোম্বমুং [৬]থক-খা ফাউনা লৈরে।

লুবাং লংমাইবা পুরেং মুমানবদি লংমাই চীংদগী ফুনান চীংদা [৭]হৌথিরে। অহুম মহাক্লা মচাগী মসক গুইনা ফুনান তেলহৈবা পোক্লে। লাইগী নোংদম্না ওম্বোকপা থৌবু তৌরে। সেনলোয় লংমাইবু ইনথাইহনলহুনা হৈরেম খুজান, লোকথা, হাউথাদা পুরৈরোম্বগী, লুবাং লংমাইনগী খুদম চংলক্লহুনা অবাবা থোক্লে।

১। মীয়ামদা পীজ পীথক তৌহুনা, ২। য়াহয় থোমকম থকলি-থালি, ৩। মোইরাং লাইজি ৪। কৌক্র মাংচৈক, ৫। মী পুম্বা হঙ্গিম্ররক্লহুনা খুল মপুং কানা পাম্লরে। ৬। লৈবাকী থৌহ নিংথৌগী থৌহ পুরহুনা লৈরে। ৭। চঙ্গনা খুন্দাক্লরে।

খুমন নিংথৌনা তোমফিংথেন কাবদা মাগী [1]লাংমৈ পুঙ-লেংবু, লুরাং লংমাইবা ফুনান তেলহৈবগী তেলনা কাপখোক্লে। তেল অদুবু খুমন নিংথৌনা লৌরকনা কনাগী তেলনো হংবদু ফুনান তেলহৈবগী মনাও সাইতংনা [2]ঋাম্মাগী তেলনে হায়না খুম-হুনা, খুমন নিংথৌনা তেল হাক্লা হৈয়ে। চানসে কৌরুববু লাক্কাবরা হংবদু সাইতনা লাকদনে খুমহুনা খুমন নিংথৌনা [3]খুদোন সাদোন অয়াম্বা য়াউনা থৌজালনা তৌরবদা ফুনান তেলহৈবনা, লুংকাংবা, অয়াংজাম্বগা অনিমা থল্লমহুনা মদোম খুমন লৈপাক তাম্না হৌখিএ।

খুমন্না ফুনান তেলহৈববু [4]য়েক্লবা পুক্লিংনা ফাওব্রহুনা নিংথৌগা লৈমগা অনিমাগী মমাংদা পুসিনখিরে। নিংথৌনা মমিং হন-তোকও হায়হুনা মমিং অনিমা হনতোক্লে। মখুত্তা লিরুং পায়-হল্লে। চুমত্রা য়েংসে কাপহল্লো হায়হুনা পিরবদা ফুনান তেন-হৈবনা [5]পুরিরেম্বগী অথাক অরাউবা লিকং অদুবু নিংসিংলহুনা লাইবু বাসক্লনা খুমন লৈমগী থবাক্তা পাল্লো হায়না কাপখিএ। খোম অনিমগী মরক্তা পাল্লহুনা মপুক্কগী মচা য়াউনা সিরে। লুরাং লংমাইবা, ফুনান তেলহৈবদি মমিং চঙনা মহাক [6]ফম্না ফুমজিল্লে।

১। উচেক লাংমৈগী মতু খেংপা কোকয়েং, ২। ইমাম্বগী, ৩। মনাই মশল ওইবা মাবা কয়ামরুম, ৪। মপুক্তা লৈবা মালোম অদু হায়দোক্তনা পুক্লিং ফাজিল্লগা, ৫। মতিক লৈবা সারারেনগী অথাক অরাউগী লাইমিং মিংথৈ অদুবু, ৬। মমিং ভাংলবা শিত্রিবা ফুনান তেলহৈবগী মশা অদুবু হিংনা ফম্না ফম্না ফুমজিল্লে।

তেরা অঙোবা অমা ওইনা হৌরক্লে। তের অতুগী মনা মসিং তারবদা [1]মৈদা ইরুবদা মৈথু অতুগী মনিলনা থুমন লৈপাক পূম্নমা ঙাউরে। মতু মচা লেইন-চাপন [2]কয়ি থাদরক্লে। অসূম্না থুমন লৈপাক ঙাউখিরগনা মতু মচা খবিক্ত শিনচংলে। অসূম্না থুমন লৈপাক [3]ঙাক্ন উ তেরা অদবু যানথক্রগনা থাংঙা কয়োং তাম্না পাইরক্লে। নুমিদাং য়াচবদা, অপুক অঙ-বদা উরহনা লাল লাক্লে, মৈ চাক্লে, হায়না শাগম শাউরকএ। অহ পীদমক তেরা অসিবু য়ানশনা হায়বন সিংজংনা শান থকপগু অতিংঙাদা পাইথংলক্লুনা লুপাং লংমতনা তর অমোংদা মসক ওইহনা [4]লংবগা পুরেরোম্বগনা লাইরেনগী মসক ওইরহনা উ মনুংদগী লাই অতনা হোৎরো হৈয়া সঙ্কএ। হোইদা চাউবা কৌএ।

লুপাং পুনসিংগী সোই লাইবান চৌং লাল্লক্তুনা তেরা অতুবু উথুং চকময়ুংগী মসক ওইরে। অপুম পাইরক্তুনা মৈতৈ লৈপাক্তা তাগে হায়হনা [5]পাইরক্লে। নোংথোঁদগী [6]নসন মপূন অমনা হাম্না তারকএ। চকময়ুংনা পাকপঙ্গ কোম্না তারকএ। ময়েক্লা নমএ, মতোলনা লৈপাইয়ে হৈবাংনা পাউসোনএ, [7]মুংবীনা অসৈয়ে। মুকমুনা বাইথংএ, থাবামনা লম থাইয়ে, থাকই

১। অচাকপা মৈদা ওয়দা, ২। মমা-মচা মচিল-মনাও মচেম-মনেম মরূপ-মপাং পূম্নমক অসি মশক থুনবক্লে, ৩। মাঙ-তাকপা ওইরবদা ৪। পাথংবগা সাবাবেনগা শনিগী শাইওন ওইরবা, ৫। লাক্লে, ৬। মশা মউ শেংনা ফবা মাগী কাঙলুপ অমনা হাম্না কুম্লক্লে। ৭। মনিঙ থংনদা লৈবা কাঙলুপ্পা শৈথারোল শকই।

চেনহৈথাওবনা চেন্না যেংলহ্না পুরুমখাচংলবী, সকপিরহ্না মৈতৈ লৈপাক্ক অসিনা তাক্না মা দনা লৈয়ে।

মতুংদা ফুনান তেপহৈনগী মগী নুংকাংবগ, অয়াং চাম্বগা মচিন মনাউনা হপা ইবুংগা খুফমবু পুরুম তাইসিকচহ্না কংলৈ মৈতৈ লৈপাক্কা কুমগে হায়না খোয়াংলহ্না অঙাংচাম্বনা মুংবী লমলেন ইন্না ইরিলগী তাংবী ইরেনব, থোং সাহ্না [1]মুংবী লমলেন য়েংনা কুমলক্লুনা খুরাই খুন্দোন্দা খুন্দারে।

নুংকাংবনা অরাং লম য়ালমা [2]ইতম ইন্না হাউবা তেকপগা মপা মচা খুনঙ্গুল্লকপদা চরপা থোবান্দোংনা নুংকাংবা নংব, খুনগুমগনা সেনলোই লমাইদি তাক্ল-মাংল গ হায়না থামওম্ববু মচা হাউবাতেকপনা যোবান তাংবব, হাংলহ্না মথোং কক্লুনা য়াল্লা ইতম অতুগী থোং ওইনা ফৈরহ্না মপা নুংকাংবনা হাইয়ে। নুংবান ইগাইফম লুরাং ইখুনেংতি অসিনা থৈবনে।

সেনলোই লংমাইগী চীং অমম লৈসারোক অসিব, নুংবান ঐনা [3]য়াম্বীকুম লমকন্না ইগায় ফম্বীতোনবু, উচেক্লা মরূম কনবগুম ঐনা লম কন্দূনা য়াউরা কোনখাংনা পুবা, অমম তরংচীং অসিবু পুরৈরেম্বগী চীংনে খংস্তনো। তম্পাক লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবনা চীং অসিদা লৈসেম্লবা চীংনে।

লোইবী চীং অসিগী লাইফমদা পুরৈরোম্ববু ইরাং থোয়াংতুনা

১। মনিঙ মমাঙ ওইনা লম যেল্লহ্না, ২। অরাং মায়কৈরোমদা লৈবা লমলাই চলোরোমদা চেল্লিপা থোং অসি ইতম থোং কৌই, মহ্না চেম্বরকপা ঈচেলগী মতুংইন্না কোল্লকপা লমদম্ ইতম থোংবান কৌই, ৩। য়াম্বী কৌবা উচেক্লা উরু উরু লৈদ্রূনা মাগী লৈকম কনবগুম।

মৈতৈ লৈপাক্কী চাউমনে। চকপা খোৌবান্দোংবগী থাবাংবু বাসরুনা অমুম হায়না লাইদা বৎলমহুনা মুকাংবমং মৈতৈ লৈপাক কংলৈদা থুংগুমকএ। থুরাই থুন্দোনপান্দা বাইথুংলএ।

মরম অমুম তৌনা লুবাং লংমাইবা লয়হৌ যাইবী লয়হৌ মাইবগী সাগৈ মচিন মনাও ওইহনা খিমনাক অনি ওইনা লেপ্লে। লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবা [1]হিজমু হল্লে। [2]সনম্বামবমনা মনাউনে। লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবা লুবাং লংমাইবা লোন্দি কোবরোন নামোইমুনা লুবাং নিংথৌ পুনসিবা। ভানুরোন থোংভাইবা চমুনা মুঙথোংভাই। ভানুনা লংমাইবা, ভানুনা চীংদা-কোয়বা, ভানুনা চীংদা লাউবা, সুমলৈমনা কাথংবা। লংমাই নিংথৌ চমুনা নোংমাইবা, লংমাই নিংথৌ চমুনা নানবা, লংমাই নিংথৌ চমুনা পুরেংমুমানবা, ভানুনা ফুনান তেলহৈবা, হোংনেম-সুবম চমুনা মুংকাংপাম্বগা মুংয়াংজাম্বা অনিমানে।

★মুমিৎ চরোন তরেংমা পোক্লে অহুগা সাগৈ তরেংমা পোক্লে। মমিৎ য়েক্তা অভোম পোকএ। মমিৎ ওইদা নিংথেম পোকএ। নাকোং য়েক্তা লুবাং পোকএ। ওইদা খুমন পোকএ। নাতোন য়েক্তা সরাং লৈসাংথেম পোকএ। ওইদা ভানবা পোকএ। মাদা মোইরাং পোকএ। অমুমা পোকএ।

সং লাম্না সরাং লৈসাংথেম পোকএ। ঔসিং অকবনা লুবাং

১। লুবাং শলাইদনি, নোংমাইজিংদা লৈবাক অসিদা নোং তাত্রবদা নোংমাইজিং ঔনিবগী থবক তৌনরকই অহুনা নোংলমুম কৌনৈ।
২। মনাও ওইবা সনমাম্বম অসি মমৈথংদদি সলাম হায়না খঙনরকই। মহাক অসিমু হিজম লৈত্রগা নোংলমুগী থৌ পুনরকই।

পোকএ। ঈ অঙাংবনা ঙানবা পোকএ। অঙাংবা অহুনা নিংথেম পোকএ। নাওয়োম্না অঙোমনে। থোম্বীনঃ মোইরাংনে। ঈমম্না খুমন্নে।

অহুগা তাইবংপানবা মপুনা ইংাক অসি থুগাইরগে। সাগ তরেৎমাদা য়েন্নগে হায়না থুগায়রে। সরাং লৈসাংথেম্না টন লৌএ, অঙোম্না পৈ লৌয়ে। লুরাংনা থোপ লৌএ। ঙানবনা তোং লৌএ। নিংথেম্না সিন্নুং লৌএ। মোইরাংনা সিংলি লৌএ। খুমন্না মচুম লৌএ। সারম অসি থৈবিকপু খাইখিরে হায়বগী সাগৈ কৌএ। ঈ, পু খংববু লাইরা হৈবা কৌএ।

*লৌজিক্তি সাগৈ তরেংমাগী রাম্মু হৌরকপা পুরকপা রাবু হায়গে। সরাং লৈসাংথেম্না পুরকপা থৌদি অয়াংলম থোপনে, হুইরম চেনবনে, সা লাল তানবনে, সাগি থৌনে, সগোলগী থৌনে, নোংসিংনে, খুমংনে, থবানমিচাকনে, মৈনে, ঈশিংনে, লাইমননে, লমদন সননে, সঙাইসননে অসিনে।

লুরাংনা পুরকপা থৌদি :—লুবাং নোংহুম্বনে, নো মৈপুঙ কাবনে, লংমাইচীং কাবনে. উতোন রাতোম্নে খোংহাম মাইতানে,

* মথক্কী চয়োল ৭ পোক্লবা মতুংদা মিৎ নাতোল নাকোং ১মুং য়াদা শাগৈ শলাই ৭ পোকপগী থাকদি কংলাগী মকম্ন ৭ থোক্লা থামরগা মকম অসিবু লাইগী মকোক্কী ফিবম্না অরাং ওলহল্লগা মতুদা লৈকম য়েম্নবগী রায়োল তাকপা রানি।

* থাম্নবৈঙদগী লৈবক্লবা শাগৈ ৭ অসিনা লৈবাক অমিগী অক-কক্ত্বা অদা. অনা পুমিম্নবদা মাগী মগী মথৌ-মতম তৌগদবা মশিল মথোৎ য়েম্নরদা অহু তাকলি।

অসেং অরু, অপেং অনন, মীকোন হীহোনবা মচি মমা পানবস্থ মকোক মরু তোংবস্থ, মুমিংস্থং থরানমিচাকস্থ, কোকপান খোয়বানস্থ, পুং থেন কাবস্থং, কম্বানস্থং মন ওইরকএ। নেং- নবা তোংনরিবস্থং ফাউনা নিংথি মুংঙাইবা লুরী হে নবা থৈবিক্লে।

ঙানবনা পুরকপা থৌদি :—লৈরোন নোংলোনগী কোংবা লৈথোং ফাৎপা, কংলা ইথোং ফাৎপা সজিক্ লৈথুন কুনবা, মীরেন খংথারাক, থুমিং কোংরেন তাং, নোংদম নোংখাই অঙান অসা নিংথি নংঙাই মিংসং মাইরং মচু মমেন, অঙাং অচৌ অসং অমু, হিকোক লোয়াম্বা, সা লুপা, কংর পিথ্রাই, কোনচৌ মিসি, সেনকোন য়াইবোন অাস খৈবিকপু মানা চুচিননাএ। মেনসিন তাইসিনবনে।

অঙোমনা পুরকপা থৌদি :—লাইস্থম লাইঙাউ তানবনে, ময়াংনহা সারৈখেম্বনে, ইপুরাং থেরাংপনে, পুকয়ু লাইমুনে, চমু চভৌ, চাহোং য়ুহোং, থিকপান থাবাম্নে, অহোং অচাউ, মিংলং মাইরংনে, অকুপ অরংবনে, পুরোই থান্দোং, লাইরোন থাংসং, স্থমাই লানসা, ভাঙ্গোই লুখেং, পোরোং খোপচন অসিনে।

মোইরাংনা পুরকপা থৌদি :—ইপুরাং তোংজেংলাং কুরেক হাইখোংলাং, লাইসা তোংলাং, ককথোক মাইথোকলাং, হিরী লাংস্থংলাং, কোংজিং মাইয়োক, লাইকোই থানসা, খুৎথিন লান- থিন, হিরেন খোংসাং, লিরী নোংলি, লাকলেন কিসি তাইনারবা খৈবিক্লে।

খুমহ্না পূরকপা থৌদ্দি :—পেরুক নোংজেংগী পেরুক তাইবা, উংসাগ্র ইরাং, লৈকারেং তাইবা, মৈইসোয় তাইবা, সরেং লেংলোং তাইবা, উচেক য়াউচা লেংতাইবা, তিনলেং কোইরেং তাইবা, ইন্নুং সোইয়াইমা, নোংয়াই সোয়বা য়াতামদা পূনকুন ফনচাৱিগা পেরুক তাইবা অসিনে।

নিংথেম্মা পূরকপা থৌদ্দি :—তোননিংথৌনে লিনফূনে থরোনে লৈরোং তরুকমানে লাই অনিমনে মুমিং তরেংমানে, মহাক মথম্মনা পূসিলনা ময়াই কোইরেন থক্তা মুপ্পা তিলনা য়াই-থুংফমে নিংথৌ লেংদবা মাগী থাউ পুবা তরুক্তা থম্মা লৈরিবনে। থৌরম অসি থৈবিক্তা মাবু য়োক্তা লৈবনে। মতিক অঙাবনা সনা চীং তরুকমাদা চংনা লৈবনে। ময়াই কোইরেন থক্তা তফায়াই নিংথৌবদি মানে। অহুনা য়াই সিদবা মঙোন্দা চীংনা লৈরে অহুগ তরুক সুবনে, অচেৎপা য়ানে, মী লাই কনানা থংদবা য়ানে। লাইরিক অসিগী মতিক্তি হাইনবা লৈতে। অসিদগী লৈবা খৈবিক থোকপা য়ানে। স্না চৈ লিসিং অমনা কৈথৌনগ-না চেৎনা থংও হে মীও অসুম থংও॥

# থিরেল মৈরম লৌবা

--- ( ০ ) —

অত্য সিদবা, [1]অসিবা, [2]কোনচিন তুংথোকপা। অহুম্মাবু পূকমজগে। অমম্বা, অঙানবা, নুমিৎ, থ, লৈপাক, নোংথৌ, মৈ, ঈশিং, সোংসিং, লাই মাপনমাবু পূকমজগে। ইমা, ইপা, ইপু, ইবেন, ইমাখোয়রেনবী, ইমা খোম হান্না ইনবী, তরুক মাবু পূকমজগে, পূনসিবা কুবিও।

হৌজিক্কি লাই অথোইবা নংনা তাইবংপানবগী মসকপু লেপতরিঙৈদা কয় করিম্নুং লৈতরিঙৈদা অচিনবা মকম অথুম্নদগী লৈচিনগী মসক্কুম্না হৌরকঙৈগী বাবু কায়রক্কে তাউও।

[3]নোং, [4]ঈ, [5]চোম, [6]মৈ, পুঙ মরি পাকএ। সিদবা মসকপু য়েংবা উদবা লাই অত্তুনা মনিল ওইনা লৈচিনগী মসক্কুম্না হৌরকঙৈগী মমিং "লাইরক" কৌয়ে।

হৌরকপা অহব "হৌরক" কৌয়ে। হৌরকপা অত্তুবু অহুম ওইনা থুপচিনখিরে মমিং "শাথুপ" কৌয়ে। থুপচিনখিবা অত্তুবু নোংসিংনা চাহয় লাখা তরা লিশিং তরুক্কা য়োমলে। নোংসিংপু য়েখায়হুনা নোং কৌবা লিক্লা ঈশিংনা চাহয় লাখা কুন য়োমলে, মমিং "নোংলোন" কৌয়ে।

---

১। সনামহি লাইনিংথৌ, ২। পাখংবা, ৩। হুংশিং, ৪। ঈশিং, ৫। মৈ, ৬। লৈবাক লৈমগী মশক ওইবা অকবা পূকম।

নোংপোক অতিংঙাদগী ঈশিবু মৈথায়হনা লেম্না শাকপম্বু মকম অথুপ্পদা মপাং ওইনা তাসিন্দুন, [1]লাংইরকী [2]মখোং মরমদা লেপ্পা কমহনা মৈনা চাহয় লাখা কুনা লিসিং অনি ময়াম্না মমিং "লেপ্পা" কৌয়ে।

মৈবু মৈথাইদনা থাগী মসককুপ্পা অকোইবা অরংবগী মনুংদা হয়েংসংগী মসককুম্না মেহেন্দ্রিনা চাহয় লাখা কুনথুনা লিসিং মংঙা য়োমএ। মহেন্দ্রিবু মৈথ ইদনা মথন্না [3]তিংকোংগী মসককুম ঙান্না খোঙ্গেন উরুং লাওনা চোংখো কে মসু ম্না লৈবোনসদা বাম নোংসিং পোকএ, থা পোকএ, ঈশিং পোক্রে, ম্না মং পোক্রে, অহুগা মেহেন্দ্রি পোক্রে। তরুক অসি পোক্রবাগ অ তংঙাদ চোংথংখিহনা থাগী মনুংদা লৈফু সেনে। লৈফুগী মনুংদ নোংসিংনে, মৈনে, ঈশিংনে, মেহেন্দ্রনে মরিমক্তা য়োমলুরে। মশাগী মশিননা মুন্নে, মশাক মপুং ফারে, [4]মপুম মাপনমা য়াংলে।

[2]তাইবংগী অঙালবা থোঙ তরুক, অমম্বা লাইগী থোঙ অফুনবা তরুক, থোঙ তরানিথোই সুনা য়াংলে। থবাই সিদবনে, মীনামু বনে, হকচাং পাম্মুবগী কুকনে, সিদবা কুরু অহুম চংলে। থবাই মংঙাসুং সুনা চঙলে। অহুগা মৈনে, ঈশিংনে, নোংসিংনে, মেহেন্দ্রিনে, মরিমানা অমরক লৈফুবু মৈথায়হনা

১। লাংঙক কোবা মায়া পীকপা তান অহুগী, ২। ধ্রুব তৌন্দুগী অপীকপা মখোঙগুম্না, ৩। তিঙ্গোং কোব। লৈংদা লৈবা তৌন্না কোনশিনহনা লৈবগুম, ৪। তাংবং অসিবু শেম্নবা হোনবদা থা ৯ চোংথোকহল্লে, ৫। তাংদা পাল্লিবশিনা থঙজননবা কায়াৎ ১২ হায়বদি থা ১২ থোক্লা অচীক অশা উন্নম বাধী থাবরে।

থাগী মচিদগী সিন্থরকপবু মহাক্কী তাংখন যাম্না মফম সেমহ্না ফম.ল। মতান্দি নোংথাং কুমগুমএ, মহাক্কি [১]হুগী নিপা অনিমক ওই।

লৈবাইদা কামুন নৈরগা কুকগী মসক ওইয়ে। লুমাঙদা সমজিন চিঙ্গগা নিপাগী মসক ওইয়ে। মসক [২]অহুম থোক্না ফম্হনা মথঙ্গা লিংএ।

[৩]তাইবংপানবা অসিবু করম্না সেমসিবনো হায়না নিংসিংহনা মহাক্কী অমম্বা, অঙানবা অনিমাবু পোক্লে। তাইবংপানবা অসিবু নোংদম নোংখায়রগে হায়না, ১ নোং, ঈ, চোম, মা, পুঙ মরি। ৬ মা, নোং, ঈ, চোম, পুঙ মরি। ৪ ঈ, চোম, মা, নোং পুঙ মরি। ২ চোম, মা, নোং, ঈ পুঙ মরি। পুঙ তরাতরুক-মানা হুমিং যুংল। ৭ চোম, মা, নোং, ঈ পুঙ মরি। ৫ নোং, ঈ, চোম, মা, পুঙ মরি। ৩ মা, নোং, ঈ, চোম পুঙ মরি। ১ ঈ চোম, মা, নোং পুঙ মরি। হুমিং তারে পুঙ কুনথ্যানিথোই মানা পোক্লে। হুমিং চথোন তরেংমা পোক্লে। থা তরানি-থোইমা পোক্লে। থবানমিথাক কুনতরেংমা পোক্লে।

---

১। তেংগানবগী মপু ওইবা হবুংডো মহাক্কি হুপাম্ব ওই নিপাম্ব ওই অদুনা অহল-লম্বনশিংনা পলেম ইমা হায়রগস্থ হাউ হায়না খুম্মী, পহৌ ইপা হায়না কৌরবস্থ হাউ হায়না খুম্মী হায়নরিবসিনি।

৩। হুমিং থোক্লকপদগী অহিং হুংথিল অনি লাম্লিগা মতম্থ ৩২ রক থোক্লা থাম্ব-রগা অমমম্থ পুবা পুংফম অদুবু মৈ ঈশিং হুংশিং অমমুং নৈবাক্কী মহুং-শিনবা বাফম তাক্লিবনি। হুংথিলদা পুং ১৬ হুমিদাংদা পুং ১৬ নি। পুং অসি থৌজিক্কী চৎনরি। ঘড়ীগী পুংহ্থ নত্তে। অদুগা পুংফম খুদিংগী থারিব অমশিংদি পুরিবা হুমিংকী মমীং তাকপা হুমিংনি মদুদি ১—নোংমাইজিং ২—নিংথৌকাবা অসিনচিংবা।

কুবনা নিঙএ, ইথন্নাদি তাইবং পানবগী থবাই অসিবু পোকপা ওয়রোই। পি, পা সাগে হায়না নিংসিজনা কুক মহাক্তী হৈচাংবু অন ওইনা খায়দোক্লন, য়েৎকা সাগৈনা [1]লাবগী মও' সেয়ে। ওইমরী মওনা [2]অমোম সিন্থোং সেয়ে। অতুগা য়েৎলমগী মমিংদি কুক "লাইকা লোংবা" কৌএ। ওইরমগী মমিংদি "লৈমরেন কারোংবী" কৌএ। অতুগা লৈপাক নোংখৌ অনিমা পোক্লে।

[3]লৈপাক কৌবদি পুন্নুংনে, নোংখৌ কৌবদি লৌসিংনে। অতুগা পজেংনে, ফিরালনে, অনি অনিমা পোক্লে। পজেং কৌবা কায়ে। ফিরাস কৌবদি বিন্দুনে, অহুম্বা পুক্রি, অনিমাদো হৌরক্লে "মহৌ" কৌয়ে। কায়রক্লে হায়বগী "কাইলৈ" কৌএ। পি পা সাদমলে 'পিসারাসা" কৌয়ে। কাইর ইয়েনলু, মাচেংচাপা সাগৈ, পিপা পিসারাসা অতিংভাগী পুকনিং নিপানমা পোক্লবদা।

অসাইগী মসা অনি ওইনা খায়দোকপা অতুগ ওইরমগী সাগৈ নুপী ওইবা অতুবু লৈমরেন সিদবী কৌএ। য়েৎলমগী সাগৈ নিপা ওইবা অতুবু আত্যা কুক সিদবা কৌএ। লৈমরেন, কুক অনিমাগী অপাম্বা পুকনিং অনিমা হৌরক্লে 'মহৌ" কৌএ। মিৎ অনিমা পান্না নুংসিনা ওক্পর "ওকসং" কৌএ। পুক্রিং অনিমা মনুংদা লাকনরে "লাংস" কৌএ। পুক্রিং অনিমা নুংসিনা নিংনরে

১। নিপাগী মওং ওইরে, ২। মচা-শন্দোকপা য়াবা নুপীগী অক্লম্ ওইরে, ৩। মচা-মথ্ চাদা নাউদাবা য়াননবগীদমক মীওইবগী মপুক মনুংদা ওম ওইনা শেম্ববু পুন্নুং কোই।

"নোংসোং" কৌঐ। মসা অনিমা চোংখৎলক্লে "সাচুং" কৌঐ। পুক্নিং অনিমাদো হক্লোইনা তানা মাসা অনিমা লেংনরে "কোই-রু" কৌঐ। মসা অনি তাইনরে 'তাইবিরাক" কৌঐ। পুক্নিং অনিম না লোয়ে "লোইরেন" কৌঐ মথুং অতুগী তাইবং থবাই পাবা খবকপু পিবোক্কে হায়বা "খুবিরোক" কৌঐ। হে মী চৈনখ্রং ও চেৎনা খংও।

অতুগা সিদবা অত্যাপ, নোংদম্বা মপু মহাক্না অসি থোইনা তন চেনবগুম্ন পুরকঐ। নোংসিৎনা কোনপিত্না লৈ মী ওইরে। ঈশৎনা থোইক চেংরে, মৈনা কোনফু ওইরে, মেথেল্লিনা কোন মহাক হৈরে। কোনগী পান্নবা ভরেংদ মমানে, খুৎলাই ওইরিবা পাইজদি নপানে, নিংলিবা নিংথৌ 'লদি নোংসানে, কোনলুদি থোইরুনে, লপাক ওইবদি ফম্বানে, নাউফম্ন, অসুম তৌনা হৈন সারকঐ।

হে মী ওইবাসি ও অতিংঙা সুইনোদো নুমিৎ হুমফুনিমাদা লাই তরানিথোইমা সরে। ইমাগী মপুক মনুংদা নুমিৎ চহুমনি-মাদা লাই ১০০১ পোইনা সাইরে। পোকপা নুমিৎকী মথৈ মনি ফিগ্না মংভানিদা লাই কুনথ্রামঙা সাইরে। অসিবু হন্দবিবদি লাই কোনা লৈরিয়ে, অসিবু হেৎনবদি মমিং মী কৌঐ। হে মী অকবাসিংও সুপ্না লাই ১০০০০৪৯ মা অসিনা সাইরে লেপ্পা খংও।

মমাগী মপুক মনুংদদি নিংসাসুং, থাঙ্গেনসং থবাই মংভাসু-মি তরুকমাসুং, অত্যা অহুম্নাসুং সুনা চংদরী। পোক্রবগী মনুংদা

য়ারা কৌবা থোঙ্কেনসুং, কোনথাং কৌবা নিংসাংসুং থরাই য ঙ মা মি তরুকমা, অত্যা অহুম্মা, পুক্নিং লৌসিংগী চানিং থকানংসুং পাম্মু, নুংশিসুং, সুরা চারে লেপ্পা থংও। অমানবদা চংলোই, অমম্বদদি হম্ছোক হৎজিন্নবা লৈএ, লেপতরি হায়রবা থংও।

হে মীওইবসিংও করম তৌনা হায়সিবনো হায়রৈদবা রানে চেংও। পুম্বা পোক্কে নোংসিংকী সাগৈ ওৎখিএ। পুম্ব পোকএ ঈশিংগী সাগৈ ওইখিএ। মৈগী সা গ ওইখিএ। পুম্বা পোকএ, মেহেন্দ্রিগী সাগৈ ওই থএ। পুদি মরিনে, পাংদি নিপালনে লেপ্পা থংও।

লুরাংগা অঙোমগা অনিমাদি ঈশিংনে। মোইরাংগ, খাবা ঙানবগা অনিমাদি মৈনে।

নিংথৌজাগা, থুমনগা অনিমাদি মেহেন্দ্রিনে। পু কৌবদি পাবোংপু কৌএ। পাং কৌবদি নমাবু কৌএ। লেপ্পা থংও হে মী ওইবসিংও। করম তৌনা হায়সিবনো, হায়রৈদবা রাবু হায়রকে।

খোপকী মমুংদা অঙোম পোকএ। মুমিত্তি লংমাইজিংনে থাদি চিকথম রাকচৌ থানে, থরানমিগাক্তি চিংজরোইবীনে, মরেক্তি অ মে, লৈদি লৈসংনে, হৈদি হৈবোংনে, ভাদি সরেংনে, সাদি নোংগোবীনে, মাইকৈদি শিরুমনে, লাইদি সরারেলনে নামুংবনে।

লরাইগী মমুংদা, পিমুমগী মথক্ত ঈশিং অকবগী ইরৈদা লুরাং পোকএ। মুমিত্তি লৈপাকপোকপনে থাদি অসিং অরাংগা

কাইব্রেন থানে, থবানমিচাক্তি নোংখৌ সিদবনে, ময়েক্তি প নে, লৈদি উযুমনে, হৈদি হৈবানে, তাদি তমুনে, সাদি যোংবনে, মাই-কৈদি অবাংনে, লাইদি কৌক্রনে।

মিংতা ও নবা পোকএ, সুমিক্তি সগোনসেন্নে, থাদি অসিং লাংবন থানে, থবানমিচাক্তি চংসেনসুবীনে, ময়েক্তি ল নে, লৈদি হাউরৈনে, হৈদি হৈসুরানে, সাদি ওকনে, তাদি সরেংনে, মাইকৈদি লাইজিনে, ল ইদি চিংখৈনে।

নাকোংদগী মোইরাং পোকএ সুমিত্রি থাংজনে, হৈদি হৈ-ম্রিংনে, থাদি মেরা থানে, থবানমিচাক্তি, থায়াইনে ময়েক্তি হ নে, লৈদি লা থরৈনে তাদি তাতেলনে, সাদি উরেনবীনে, মাইকৈদি শঙ্গোংনে, লাইদি থংজিংনে।

নাতোন্দা সরা লৈসাংথেম পোকএ, কৌবনা থাংয়ি পোকএ। থা, মাকাক নিংসানে, সুমিংতি খ্রিমসবৈসনে, থাদি অসাউ ইংগু থানে, থবানমিচাক সাচিকনে, ময়েক্তি ক্ষ নে, লৈদি সংকুপলৈনে হৈদি হৈতুপনে, তাদি তাবানে, সাদি সবিনে, মাইকৈদি ফেন-জিনে, লাইদি নোং অবিবনে।

উনবী কোবা মকমদগী পজিন অতুথগী মসকুপা অদুগুম্বগী মমুদা খুমন পোকএ। সুমিক্তি ইরাইনে, থাদি কানথু কালেন থানে, থবানমিচাক্তি থাদোন্নে, ময়েক্তি স নে, লৈদি লৈথমনে, হৈদি হৈগ্রনে, তাদি তাক্তিন্নে, সাদি উথুমনে, মায়কৈদি থানে, লাইদি থানা চাউবানে।

সিদবা য়াইগী ফম্বী কামগী তেংজোম্বা নিংথেম পোকএ।

নুমিৎতি নিংথৌকাবনে, থাদি নোংথম পোইগ্ন থানে, থবানমি-চাক্তি সাচুং তেনহৈবনে, মখেক্তি চ নে, লৈদি নোংলৈসংনে, মাইকৈদি নোংহুমনে, হৈদি হৈহিং হৈজ ওনে, ঙাদি ঙাহৈনে, সাদি নোংলুমনে, লাইদি নোংপোক অচিবনে।

সাগৈ ভরেংমাগী থৌনিদা নাপী, সিংবী, নাপু, নাসেন, নাউজা লৈ, চাতালৈ; চেং, লৈ, লাথাং, লারাক, য়াইবা, লারোং, মোইথাপলা, ঙাকলা, থমলা, মেনবলা।

হৌজিক্কি তাইবংপানবা অসিগী মতিকপু কয়ারম হায়সিবনো হাংরোকী থাদি হাযহৈদে। সাগৈ মাপননে লেপ্লা থংউ। তৌবসুং তৌকরোইযে।

কুকবু পুনেমজহনা হায়রক্কে। লৈপাক নোংথৌ, নুমিৎ থা, মৈ; ঈশিং, নোংসিং অসি খৈবিকপু লৈতরি ও। অচিনবা মফম অথুপ্পদগী মনম্লা মচিন ওইনা অচিনবদগী লৈচিনগী মসক্কুম্লা হৌরক্লিকৈগী মমিং হৌরক কৌএ, হৌরকপা অহনবু মথুপ অহুম থোক্লা থুপচিনখিরে হায়বগী মমিং পথুপ কেএ।

থুপাচনাখবা অহবু নোংলোন অতিংঙাদা লৈরে হায়বগী মমিং নোংলোন কৌএ। নোংলোন অতিংচাদগী থাদরক্কুনা মপাদা লেপনা লৈরুরে হায়বগী মমিং লেপ্পা কৌএ।

মপাদগী অমরক নেমথরক্কুনা মমাগী ঈশিং থোংদা হুইগী অমগী মতমদা থা লৈয়ে। থা অহুদা নুমিৎ মপুম মঙানি য়ারুরে হায়বগী থায়ান কৌএ। থাদা য়ানলুবা অহুদগী মমাগী মকোন্দা চংখরে হায়বগী মমিং কোনচংবম কৌএ। মাঙান্দা চংখিবা

অহুবু কোমে অথুপ্পদা চংখিরে "কোনচংবম" কৌএ। মমাগী মাঙ্গোন্দা চংখিবা অহনা মমাগী নিংসাদা তোংলুরে হায়বগী মমিং লাইতোংবা কৌএ।

নিংসা কৌবা লই অহুনা কাহুনা মৈমিদি নাউকয়ে, কোনকুদি খোইরিবা ওইরে। অত্যা সিনবগা কাম কৌবা পুক্কিং অহুগ নিংসাগা অহুম্বানা কোনকুনী মনুংদা তরুগী মসক অহুমৈহুনা মসক লেপ্লে, অপিসক ওইনা চংখিরে। ইমনে, ঈশিংনে, নোংসিংনে অহুমমানা য়োম্লে, মেহেম্রনা মপুগু কাবহনা খুমিৎ, খা, খুরবগী মৈ, ঈশিং, নোংসিং অহুম্বানা কম্বীবু মৈখাষহুনা মকোন অথুপ্পদগী লোক্কুহদগী হোরকএ হায়বগী মমিং "হাউরোক" কৌএ।

অথুম পেংগবু কিদন মকোন্দগী থোনা খোক্লকএ হায়বগী মমিং কোনথোএ। খোগু অথুবদা পিক্কা তাসিন্দুনা মকোন্দগী চেংনা খোককএ হায়বগী মমিং কোনচংবম কৌএ।

খোগু অথুবদগী কোম্না খোক্কএ হায়বগী মমিং কোনখোকচুম কৌএ। মম য় পাক্কা তারকএ হায়বগী মাইপাক কৌএ। খুহপ অমি সাংনা খোক্কএ কায়বগী মাইসাং কৌএ খংও। অহুগী মনিংদা কুমিৎ মংগানি পানজরমএ হায়বগী মমিং লাইবা কৌএ। হে মী ওইবা সিংও হায়হৈদবা বানে চেংনা খংও।

হৌজিক্কি হায়হৈদবা বাবু হায়গে তাউও। তাইবংপানবা অসিগী সিদবা মরুবু, নোংদম্বা মপুনা উদবা অমম্বদগী অত্যা থবাই অহুবু ঈ সিদবনা য়োমহুনা যুথরকএ কায়বগী ইবু কৌএ।

উদবা নোংথৌ ময়তোন্দগী অরাংবদগী মুথরকপা ঈ অহুবু ঈপাদা পানগুমএ হায়বগী ইপন পনথৌ নোংথৌ খৌএ।

পনগুমবা ঈ অহুবু মপাদগী নেমথরকপবু ইমাদা পানগুমএ হায়বগী ইপন পনলেম ইমাও কৌএ।

ইপাগী ঈ অংকপা অহুবু ইমাগী ঈ অহকপা অনিমাবু হেন্না হোইহনা চাংদম্নদবে হায়বগী হকচাং কৌএ।

তানলোই ইরুম্বী কৌব দ তিংগী মসককুম্বা ঈ অহুনা ঐগী ঈবু তত্তনা লুম্নরি হায়বগী তানলোই ইকুম্বী কৌএ।

ইপাগী ঈ নেমথরকপনা মুপীদা থুংলি হায়বগী থংলেন ইনেম মচা কৌএ।

ইপাগী কৌবদি ইপুগী ঈ অরিববু ইপাদা, ইমাদা, ইহাক্কা ইতুদা, অরিবা মংভামন খাইথিহন সায়ে হায়বগী ইপারি কৌএ।

নোংয়াই কৌবদি নোংথৌ মতোন্দগী ইপাদা ইহাক্কা, ইতুদা, ইচাদা, ইমৌদা, ঈ তরেংমা ময়রে হায়বগী ইনোংয়াই কৌএ অসিনে থংও।

হৌজিক্কি হকচাংগী মসক অরেপ্পবু হায়রক্কে। নাতোন্দি ইপুনে, মিতি ইপানে, ঈশিং থোডদি ইমানে, য়া দ ইহাকনে, নাকোংদি ইচানে, হোইরোংদি ঈমুনে তরেংমা অসিনে লেপ্পা থংও।

হৌজিক্কি বারম অমা হায়গে। সিদবা সনা ঈবু পিথরকএ হায়বগী ইপু কৌএ। পিথরকপা ঈ অহুবু ফাগুমএ হায়বগী ইফা

কৌএ। ইফাদগী নেমথখিদ্রনা ইমান্না য়োরে। ইমাগী ফুরু তরামগী ঈবু মাংহনলে হায়বগী ইমাং কৌএ।

ইমানে, ইপানে অনিমাগী ঈবু অহকপা অনিমা তিগ্রগ্রলা সায়ে হায়বগী ইহাক কৌএ।

ঐগী ঈবু ইতুদা চংলে, ঈতুগী ঈবু ঐভোন্দা চংলে, ঈ অনি-মাবু হনথোক হনজিন্নদ্রনা লৈরে হায়বগী ইতু কৌএ।

ঐগী অচাবা অহাউবা অদ্রনা সাখিয়ে হায়বগী ইসা কৌএ।

ঈ মরম তরুক সুখিরে, ইচানা পোকপদি ঈ মহাকী ঈগী তরেৎ সুখিরে, হায়বগী ইস্থ কৌএ অসিনে লেপ্পা থংও।

সুমিৎ তরেৎমাসুং থা তরানিথোইমাসুং পুঙ হুমফুমরিমাসুং তাইবংপানবা অসিনা কোয়ব্রিবা অসিবু কুরুনা লাইনা তম্বা পুজো মসেম্নে লেপ্পা থংও।

হোজিক্কি মারম অমা হায়গে হে-মী ওইবসিংও পুক্রিংনা তপ্পা-তাউও, নাকোং সিংনা তাউও। সুমিৎ চয়োন তরেৎমাগী মযুং মফৈ হায়গে তাউও। সগোনসেন, ইরাই, থংজ অদুম্মাদি মযুংমে লংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, ইমসকৈস মত্রিমত্রি মফৈনে। তাংনা থংও।

থা তরানিথোইমাগী মযুং মফৈ হায়গে। মাকচিং, ইঙানে, লাকাফাইরেল, মেরা, কালেন, পোইন্থনে থা তরুকমাদি মযুৎনে। ইংগেলনে, লাংবননে, থবালনে, হিয়াংগৈনে, লমতানে, সজিবুনে থা তরুকমাদি মফৈনে তাংনা থংও।

সাগৈ নিপালমাগী মযুং মফৈ হায়গে তাউও। থারাগা...

লুপা খা, সরাংলৈসাংথেমগা হাউরোক কোনংগা মরিমাদি মখুনে। নিংথৌজাগা, মোইরাংগা, অঙোমগ, খুমনগা মরিমাদি খইকনে তাংনা থংও।

অহিং নো খিন চংশিবা পুঙ হুমঙুমদিমা অসিগী বাবু কাংগে লুখিং ত বা মতুং মাচ পুঙগী মথ যুথক তানবা পুঙ নিপানমাদি খাবা ভানবনা চংলি য। নেংঙাই মতু যুথক তানবা পুঙ নিপান-মাদি সরাং লৈসাংথেয়া চংলিয়ে। যুথক মতুং নোংভানবা তানবা পুঙ নিপানমাদি হাউরাক কোম্বোমা চংলিয়ে। সগৈ মরিমা অসিনা অহিং চংলিয়ে।

তাইবং থবাই পানবা খবিকপু অমম্বদগী হাউরাক্র হৌ-নবরুএ। নোংভান পুঙ মতুং যুথক তানবা পুঙ নিপানমাদি নিং-থৌজানা চংলে। যুথক মতুং তানবা পুঙ নিপানমাদি মোইরাং নানা চংলে। লুমিং যুংবা মতুং পুঙ নিপানমাদি যুথক তানবদি অঙোমনা চংলে। যুথক মতুং মাচংবা তানবা পুঙ নিপানমাদি খুমনা চংলে। অহিং চংপ সাগৈ মরিমাদি তানথোং মপুং কৌএ। নোংখিন চংপা সাগৈ মরিমাদি পেমথোং মকৈ কৌএ অরেপ্পা বানে লেপ্পা থংও।

হৌজক্তি অংথাইবা বারম অমা লায় গ। সা কৌনদি লুমিংপু সা কৌএ। সা অসিগী মচু তরেং শুইএ. মচু তরেং-মাবু সম্বাক্রমএ মসক অনি ওইরক্র, মসক অনিমা অহুবু লাবা, অমোম কৌএ। লাবা, অমোম কৌবা মসক অনিমা অহুগী অমনা অমা ওইনা চংথরকুনা তরেং হুরে। তরেং অসিনা তরেং

পোকএ। স্বপ্না তরামরি স্বরে, তরামরিমা অসিবু সাগৈ কৌএ, অসিনে লেপ্পা থংও।

পুসা, পিসা, কাইরৈ, ইয়েনলু, মচেং, পাচা পিবা সাগৈ নিপালমা অসিনে থংও। সাগৈ কৌবাদি পুসা পিসা চানা পানা খৈবিক্তো অহুবু সাগৈ কৌএ। চাবা কৌবদি পুসা পিসা চাফদে। পুসা পিসা খুত্তগী চান্নবা খৈবিক্তো অহুবু চাবা কৌএ। ইয়েনলু কৌবদি হান্না ঈ য়েনবা হান্নে হায়বগী ইয়েনলু কৌএ। মচেং কৌবদি চক্ মহুং মমাদগী চাক চামন্নববু মচেং কৌএ। পুকপুস্নং মচেং কৌএ। কাইরৈ কৌবদি হোথোকমন্নরকপবু কাইলৈ কৌএ। পিবা কৌবদি মচা নুপীবু পিবা ওমএ হায়বগী পিবা কৌএ। সিংদবুংদা থোংঙারেন্না হায়থোরকপা বানে লেপ্পা থংও।

হৌজিক্তি চারি স্বরিগী বাবু হায়থরক্কে। মচানে থংবা চানে, চানোংয়াইনে, চারিনে, মাবালিনে মংঙামনে মস্বনে, থংবস্বনে, স্বনোংনে, স্বরিনে, স্বয়াইনে, স্বনোংয়াইনে, তরুকমা অসিনে। চারিদি মংঙানে স্বরিদি তকক্লে, স্বপ্না তরামাথোইনে, অসিনে লেপ্পা থংও, হে মী ওইবাসিংও অরেপ্পা বানে থংও।

নপুক পিনা নাকোং চুন্না তাউও। লৈচিলনে, নোংসিংনে, ঈশিংনে, মৈনে, নুমিৎনে, মংঙাদি চারিনে। মনিলনে, মনমনে, নিংসিংবা পুক্লিংনে, লিক্লানে, থবানমিচাকনে, থানে তরুকমা অসিদি স্বরোলনে। অস্বঁদি চারিনে, পীদা কৌবদি স্বরোলনে, অসিবঁদি চারিনে, অপোকপদি স্বরোলনে। চারি মংঙাদি থবাই মুংঙানে, স্বরোন তককমাদি মী তরুকমানে। কোনথাং কৌবা

নিংসাদি চারিনে, য়াউবা কৌবা খোন্দি স্নুরোলনে, হে মী ওই-বশিংও। চারি মংঙা স্নুবোন তরুকমা অসিবু খংদনা থোক্কনো।

অসিবদি কনানা খ গবনো, অপোকপা অসিবা অসিবু খংও। হে মী ওইবশিংও চারি মংঙা স্নুরোল তরুকমা অসিবু য়ৈথাইনা থিও। অসিবস্নুং অপোকপস্নুং তাইবংপানবা অসিগী লাম্নগদবা লমলোইদি চারিনে। লৈগী ছ্লাই ওইগদবাদি স্নুবোলনে খংও। অসি থৈবিকপু অমাতদগী হৌথোক্লক্কনা থাইথরকএ হায়বগী কাইরৈ কৌএ। সনা ঈবু হান্না য়েনথরকএ হায়বগী ইয়েনলু কৌএ। লিক্লা অনিমাবু পীনা পাঙল্লে হায়বগী পাপা কৌএ। পুক্লিং অনিমাবু অমতা ওইনা তিন্নরে হায়বগী মচেং হকমা ওইবা কৌএ। পুক্লিং অনিমাবু চান্নবা ঙম্লে হায়বগী পাচা কৌএ। লিক্লা অয়াম্ববু থাইথোক্লকএ, মচা অয়াম্ববু থাইথোক্লে হায়বগী সাগৈ কৌএ

পোক্লবগা চাক্লা খোমগা অনিমাগী অথুম্বনা লাংজেংলা মিরু থেংকী য়োমশুরে, অত্তুশা বিন্দু অয়াম্বা লাক্লে চহি তরামংঙা স্নুর-বাগা য়াকোয় কোনকোয় হৈরক্লে হে মী ওইবসিংও।

হৌজিক হগী চৈথৈস্নুং রগী চৈথৈস্নুং সগী চৈথৈস্নুং হায়রক্লে। হগী চৈথৈদি পিস্নুম অনিমাগী মথক্তা খুদোল অহুম থাপ্না লৈবনে।

র গী চৈথৈদি কোক্তী মনুংদা মুক্তাবলীগী লাইসং লৈয়ে লাইসং অত্তুগী মনুংদা খোইগী মথাদা খুদোল অহুম হন্থনা লৈয়ে সিদবা লিক্লাগী ইয়োক কোম কৌবনে লেপ্লা খংও অরেপ্লা বাবু হায়রবনে।

---

